# ঈশৈদুদি কাউদরি

সালাম শান্তিবালা




নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ
য়ুরেম্বম

**ESHEIDUDI KAODARI**
(A collection of Manipuri Poems)
By: **Salam Shantibala**
Kabowakching Mayai. P.O. Nambol
Manipur






অহানবা ফোঙবা : মার্চ, ২০০০ ইং

অফোঙবা : ই, ইবোমচা
নোহাখোলগীদমক ফোঙজবা

ফংফম : অইবী

ফংফ মথোকপা : অইবী/নোহাখোল

মমল : লুপা ৪০/-

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স,
কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

"অহিং নুংথিল নাইদা
তুম্ব-চাব চংদা
অনৌবা য়াওলা অমগীদা
অমমবৈ ফিজং বাংমদা
কুচু পানবী অয়ুকপুদা
কৌজদুনা খুংলাম তৌইনদ
ঈখৌলাংজরিবা পুন্নমক্কী মফমদা"

# মীৎয়েং অমা

"ঈশৈদুদি কাউদরি" হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি সালাম শান্তিবালাগী কুনশুবা চহীচাগী লোইরমদাই চহী মরি-মঙা মুক্তগীনা কুনমাথোইশুবা চহীচা চঙলকপা (অইবীনা পীরিবা শোক, তারিখকী মতুংইন্না '৯৪-২০০০ গী জানুয়ারী ফাওবগী মনুংদা ইবা) ফাওবদা অইবীগী পুক্লিংদা ফাওরকপা শৈরোলশিংনি। নহা ওইরিবী অইবীগী শৈরেংগীনা অহানবা লাইরিক্তি; মসিগী মমাঙদা থারীমচাগী লাইরিক অমসু (অনৌবা মঙাল অমগীদমক, ১৯৯৮) অইবীনা লাহোকখ্রে। অইবীনা হিং-লিবা মসাজ অসি অমোৎপনা ময়াইদা চেল্লবা, অমোৎপা অদুবুসু অমুক তানখায়নবা নৈখায়বা হৌরকপা মথক-মখা ওহোক্লবা তেমশিংলকপা তাক্কনি। পিগী মহুত্তা ঈখেং ওইনা শিন্থরক্লবা মতম অসিদনি অইবীনা কলম পায়রক্লিবসি। মরৈবাক, মজাতিগী আইদেন্তিতিগী তপথদ্রবা বাহং, মশাগী হৌরকফমগী খোঙুল লীরকপা, 'রুত' তা চঙশিল্লকপা পুক্লিং মতা অমগী খোঙজংসু লেপ্পা লৈতনা হৌরক্লি। মহাক্কী অকোয়বদা থেংনরক্লিবা মীৎয়েংশিং অসিগা অইবীগী পুক্লিংগা মরী লৈনরকই। অইবীগী পুক্লিংবু য়াকায়হন্দুনা থাখলগী তুংনফম ওইরিবা অমসুং শৈরেংগী ঈহৌফম ঈখায় পীথরক্লিবসি পলেম ইমাদগীসু হেল্লবী অথোইবী ইমা– পোক্লফম ইমা – মমা লৈবাকনি। 'ইমা' দা পুক্লিং লুপচে; পলেমগী মায়থোং য়েংলগা হংলকই মখল কয়াগী বাহং, থম্মোইগী বাকৎ কয়া থক্তোরকই, য়েংলকই পিরাংনা চোৎলবা মীৎয়েং। অইবীনা 'ইমা' গী মায়থোং য়েংদুনা চাউথোকচরম্বনি –

"নোংমা উখি ইমাগী শক্তম
নিংথিবা খিবিক্লা লৈতেংদুনা
তনৌরবী খুৎশানা
জগোইগী শাথেক্তা
পুংলোনগী তাম্বাবু চান্নুনা
লোক্তাকী ঈথক-ঈপোম্না
মালংগী তাম্বাদা জগোয় শারদুনা; ("ইমাদা")

মতমগী খোঙলৈনা 'ইমা' গী শক্তম থুগায়রক্লবদা অইবীনা থম্মোই কায়না তেংথাজে —

"নুংশিনবৈ লংলাদো কদোমদনো
হল্লকলেদো অকনবা নোংলৈ,
চোইজায়নরে ইমাগী শল্লাং
হিকথরেনে শম্বুল" ("নোক্লো ইমা ঙসিদি")

ওমখংলক্লিবা নুংশিনদবগী মৈ, লম্মৈ চাকপগুম্না শন্দোরক্লিবা হাংন-গুনবগী মৈরী, ওইজ-তানবা মীওইবগী নমথাক - লৌনমগী শক্লোন পুবা শক্তম, মমাগী মথবাক্তা শগুণ তৌবগুম থোকপা মচাশিংগী শাজং, মীওইবগী মমল, অচুম্বগী মমল লৈরক্তবা মালেমনা মহাক্কী থম্মোইবু তপথহল্লক্তবদা অইবীনা মমাগী ফিজিদা চেংনা য়ানজে। মিপাইরবী অইবীনা পলেম মমাবু অসিগুম্বা মফমসিদগী চংখ্রসি হায়না হৌজরুই— ("কৈদ চংলসিগে ইমা")

অইবীবু হেন্না মিপাইহল্লকই— মমাগী মথানুংদা লৈন-লৈনমক লৈতাফম খঙলক্তে — ঈগী কুম্মৈনা পামজবা য়াওশংগী আবেরগুম চায়নবা হৌরক্লবদা—

"অঙাংবা ঈরিক্কী কোঙ্গোলনা
নোংদোন শিন্না চাইখ্রে
নিল্লে অতিয়া
নৈহৎপীরবা থবায়শিংগী
নুংহিক্লবা তেংথাখোল।" ("তাখিদ্রবা ঈশৈ")

মীওইবগী থবায়না খ্বাইদগী পামজবদি নীংতম্না হিংবনি। পোন্নুংগী চেক্লাগুম্না মাগীদমক তম্বিরকপা অৱাংপা লৈত্রবা মচিনজাক খুন্দুনা হিংবা নত্তে। নীংতম্নিংবা থবায়গী হনবা নাইদ্রবা খোঙজং অমা অইবীগী মীৎমাংদা চঙশিল্লকই —

"পীদবা নিংতম্বা
লৌজে মতোমতা
নিংতম্নিংবা কয়া
নিংতম্নবগী লানফমদা
থক্লুনা অঙাংবা ঈ
খুজোক খুজোক
নিংতমখি
নিংতম্লবা থবায়না ("নিংতম্বা")

ঈথেং মরক্তা তাদুনসু অইবীগী আশাগী ময়োল কংগ্রি। মহাক্কী থম্মোইবু বাহল্লিবা, কপহল্লিবা, নুংনাংহল্লিবা পলেম মমাগী মশাইগোন অসিমক্তদা অইবীনা অচৌবা মঙলান অমা মঙজরি— আশা কয়াগী পরেং চুম্লবা পরেং অমা নীংহম্নদবা বাখলগী লমলানা চেংনা লেঙশিল্লক্রি। অইবীগী পূক্নিংনা অনৌবা মঙাল অমবু ঈথৌ লাংলি। (মীথয়েং অসি মহাক্কী বারীমচাগী লাইরিক্তসু য়াওরি।)। আশা অসি মপোক অসিগীত্তা নত্তে, লাংওন কয়াগীনি—

"আশা –

তৌরদুনা তত্তুনা
লাক্লগনি থনজদুনা
লাংওন অমগী শক্তমদা
অঙৌবা থম্বাল খুদোংনদুনা
কুচু পানবী অয়ুক্তা লোয়নদা

("লাংওন অমদা")

দা: নহাকপম অরুনা

# নোহাখোলগী বারোল

সাহিত্যগী লুপ অমা ওইনা সাহিত্যগী ঈচেলদা ঈনোৎ হাপ্লিবা 'নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল)'না ঙসিসু মীয়ামদা অনৌবা লাইরিক অমা খুদোলজরি। তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংগী মখল-মখা কয়াগী বাখল্লোন্দা ইনরকপা তোপ-তোপ্লবা লাইরিকশিং নোহাখোলনা মীয়ামদা শীন্নজশ্রবগী তুংসিদা ঙসি মীয়ামদা খুদোলজরিবা সালাম শান্তিবালাগী শৈরেংগী লাইরিক – "ঈশৈদুদি কাউদরি" হায়বা লাইরিকসি নোহাখোলনা পুথোকপা কুন্নিথোইশুবা পোৎথোক্নি।

নুমিৎ খুদিংগী উনরিবা পোৎশিং, থেংনরিবা থৌদোকশিং অমদি তানরিবা পাউ কয়াসিনা মীশিংদা পীবা ঈথিল, ঈহৌ, বাখলসি মী অমগা অমগীগা মান্নদে। মরমসিনা নোহাখোলনা লুপসিগী অইবী সালাম শান্তিবালাগী থম্মোইদা ফাওবা ঈথিল, ঈহৌ, বাখল কয়াসি মীয়ামদা পাউদমজবা ওইনা "ঈশৈদুদি কাউদরি" হায়বা লাইরিকসি শীন্নজরি; সাহিত্যগী পূক্নৈদা হাপচিল্লজরি।

ওাইরাংবম<br>তাং ২১/২/২০০০

মীয়ামগী<br>খুঃ রাধেশ্যাম<br>জেঃ সেঃ নোহাখোল

# অইবীগী মায়কৈদগী

হিংবা, শিব অনিগী খেন্নবা লৈত্রবা ঙসিগী তাইবংসিদা, থাংগদবা পুন্সি খোঙথাংসু মাইগৈ লেপ্পা ঙমদ্রবদা ইদোম হংজে ৱাহং কয়া, থম্মোয়নুংদা অসুম পাউখুম ফংদ মাংখি। লাক্কদর খনখি ঙাইজবা মাবু লাকপদি লৈতে অদুবু আশাদুদি মাংদরি। প্রকৃতিগী খোঙচৎসু কায়দরি, লাক্লি মথং মথং শরৎ হেমন্ত, নোংজুথা, নাকেন্থানা লোইখ্রগা বসন্ত ঋতুনা হরাও মোমোন্নদুনা পুন্নমকপু তরান্না ওক্লি। অদুবু মতমগী নোংলৈ নুংশিৎলক্তা য়াওন্নদুনা নুং ওনখ্রবা থম্মোয় লীশিং লীশিংদি অসুম্মক অসুম থৌদু নুংদ নুংগুম লৈরি। শিন্থরকইবা থম্মোয়নুংগী পিরাংসিনা চান্ন চান্নগা অমুক্তংদি মহী চেলহলনিংই মতম পুম্বগী ওইনা; অদুনা ঐ শকখিনি কাউঙমদ্রবা অদুঙৈগী পুন্সি ঈশৈশিং।

শৈরোল্লক্তা য়াওরিবা শৈরেং খরমখৈদি ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালদা, পাউ-চেদা অমদি চেফোংশিংদা শৈবানখ্রবা ঙাক্তনি,নৌনা অমুক ফোংদোকচবগী অয়াবা পীরিকপা মরী লৈনবা খুদিংমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবগী মতাংদা অরান অহুই কয়া চুমথোকপিরকখিবা C.I. College গী মণিপুরী বিভাগকী S.G. Lecturer N. Ibopishak Singh অমসুং নোহাখোলগী থৌ পুবিরিবা শশীকুমার য়ুরেম্বম, রাধেশ্যাম অমদি নিংথৌরেল পুন্নমক্কী মমল নাইদ্রবা পূক্লিং লৌশিংনা ঐগী শৈরেংগী শৈরোল্লক্তা তিনখ্রবনি।

পুন্নমকসিগী মথক্তা চিল্লবা মতমবু কায়থোকপিদুনা ওজা ডাঃ নহাকপম অরুনা দেবীনা লাইরিক অসিগী মরমদা মমল য়াম্লবা

ৱারোল খরা ইবিরকপগীদমক হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল) না লাইরিক অসি ফোংদোক্লবগী অচৌবা থৌদাং য়াবিখি। লোয়ননা লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালনা অথুবা মতমদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা নুংশিবীদুনা তেংবাংবিরিবা অমদি তেংবাংবিরক্লদবা ময়াম পূন্নমকপু পুন্সিদা কাউঙমজরোই।

তাং ২০/২/২০০০

সালাম শান্তিবলা

কবোৱাকচীং, নম্বোল।

# য়াউরিবশিং

---

# মণ্ডলান অমা মণ্ডজরি

থম্মোয় কিসি থোক্রসি
নুংশি লংলা তংলসু
অনৌবা কিসি অমনা
শন্নসি চেংনা
লিশাং থানা তুংগীদমক।

নাউশুম ঈশৈ শক্রিবী
অমৃত খোমলাং ঈহৌরিবী
পলেমগী গুন্না পুকতম্পি
নুংশি ঈচেলনা থম্মোয় পারবী।

তিন্ন-চান্ন ঈহৌফম
অমম অঙান লংদাইফম
নঙগী বাখল মরুমদা
মণ্ডলান অমা মণ্ডজরি
শঙ্গাই অমা শাজরি।

তাং ২০-৩-৯৮

# করিগী থদৎলী

করিগী থদৎলী
লৈখোক্তগী নুংশি হৈত্না
　　　　　　পোমশাৎনবী লৈরাংবু!
লৈশাৎ তমহনসি,
তুংগী আশানা তুংলিবনি
　　　　　　লৈনম্নসু লৈকায় পাল্লাল্লনি
নুংশিদরা লৈশকসে
　　　　　　করিগী থদৎলী হে! লৈ-লাংবা।
লেংনিংলবা লৈ-পরেং
থীসি ফুগায়না লৈশাৎ তন্নীবা
　　　　　　লৈকোলসিগী লৈরাংলক্তগী
　　　　　　লৈচু হেনবা খন্দুনা
পলেমগী শুক্তা থোন্নবা
মপাংলক্তা লেন্নজনবা।

য়াইফবা পারী মমোমদমক
বাখল মানা চাউথোকচ
　　　　　　তুংগী আশাইদমক
যুগ কয়া কয়াইদমক
　　　　　　মীরোল 'মদগী 'মফাও
　　　　　　মালেমসিনা লৈরিখে
চারোল শুরোলগীদমক
লেঙদ্রবা লন ওই
　　　　　　থম্মোয় মরন ওইনবা
　　　　　　নুংশি মরী থন্নবা!

তাং ৬-৪-৯৭

# কৈদ চৎলসিগে ইমা

কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ঈরৈবাকসে
লৈবাক লৈহাও বাৎলে
লৈরাং লৈনম চেন্দ্রে
হৈপালদা হৈরাং পানদ্রেনে।

বারক্কী তয়ালনা
কয়া মমল য়াম্লবা
হাম্লুলৈ শম্বৈদ্রেনা
কয়াদা লৈশক হেল্লবা।

উপাল বাপাল গুন্নমক
হু পুবা লিনগুম
মরৈ হা- হা তম্লকলে,
যন, হামেঙ, য়াউসু

লমলক্কী কৈশাল, শওমগুম
শাহিং ঙাহিং চারেদো;
কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ঈরৈবাকসে।

লমহেনবা নপারী কয়ানা
থোঙজাও শবাক ফাকলুবনা
ওইরেদো ঈরৈবাক ইরমদমসে
লমলক্কী শা-কৈগী চাক্তাফম,

কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ইরমদমসে।

নমোম কুঞ্জমালা কয়াসু
পাম্বা মানা শরাক তম
কৈরেল মাখোঙ লোনখিবা
মশীং থানা থীজমগ্রে
কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ঈরৈবাকসে।

থেক্ল-খোইবী তুরেলশিং
লাইজ মাগী মহন্তা
ঈনা ঈচেল ওইররে
নোংজুই নোংলিক খুদিংদা
তাইবঙ মীগী শদুম শদুম্না
খোঙদাফমবু লৈত্রে।

অখাক-অরাউ খুদিং
শরূ-ঙারূ খিকথরকলে
থুপচফমবু ওইরিবা
শংলেন য়ুমজাওসু
খাম্বী মৈনা মৈবায়খরে
কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ঈরৈবাকসে।

য়েংউ পাইরক্লিবসে
লংজা কাক্কী শঙ্গু শঙ্গুনা
খৌবোম থন্না য়াউম্লদুনা
চারিবসে মবুক হাপ্লবা
চরি তৎল হইশিংনো
মীশা শেৎ শেৎতুনা,
হম! থিম্বররোইশি
কৈদ চৎলসিগে ইমা
লৈহৈদ্রে ইরমদমসে।

ইমা নঙগী আশাগী লৈরাংদো
য়েন্নিং ছনকখিরোই
অনৌবা মীরোল ঙাইথিসি
ঙসিদি ঙহাক্তা ঙায়রে
অরোইবা অমসুং অহৌবা
অনিগী লংদাইনি।

মঙালদুনা লাকলমদাই মীৎকুপতুনি
শুক শুক্লা মমনি
সিদ নত্তবা কদাইদনোমা
লৈরুরসিনে ইমা
লৈহেস্রে ঙরেবাকসে
কৈদ চৎলসিগে ইমা।

ঐসু খঙদে
চত্ত চৎশি ইমা
মফমদুদা য়ৌনবা
লৈহেস্রে ঙরেবাকসে।

তাং ১৭-৪-৯৮

# সুপ্নগী অমত্তং

ওসিতদ খণ্ডলকই
লম্বীগী ওন্ন-তৈনবা
পম্বুংগ পম্খোগা তৈনরবদ
থম্মোয়না তেংথারি
পুন্সি শিন্থাগীদমক।

ঐনা খল্লিবগা
ঐনা তৌরিবগা
লৈরি খেন্নবা অমদি
অনিসিগী তিন্নফম বিন্দুদা।

লাইনিংজরুবনি ঐনা
তাইবঙ লম্বী
চৎনরিবসিগা চৎত্রিবগা
লৈরমদ্রবসু মান্নবা
খেন্নবা খণ্ডদবা
পুন্সি অনিগী লংদাইফম।

মীৎয়েংগী পম্খে ঋাংমদা
ঋাখলগী শক্রোন পুদুনা
শাজনিংই জগোয় খুৎথেক
মীনম্বা সংসারগী কুয়োমনুংদগী
লাপ্না তান্না লৈপ্রবা
অচুম্বা অমথক
সুপ্নগী 'মত্তং
নোংমদোলগী ধ্রুবতরাগুম
'দুইদমক্কী ঈথৌ লাংজরিবা
যুগ কয়াগীদমক।

তাং ১৮-৩-৯৮

# কয়াদা ফজখ্রবা নীতিনো

ইরমদমগী লৈঙাকলোন
কয়া চুমথ্রবা নীতিনো।
কয়াদা মতিক চাবা নেতানো
প্রজাগী য়াইফবত খনবনা
মশাগী ওইজবা থাদোকপনা

পুন্সি নীতি ওইনৈ
চোংথোক চোংশিন তৌদে,
হৌমিন্নরকপা দলদুদা
পুন্সি-চুপ্পা কংথোক্নে;
কয়াদা চুমথ্রবা নীতিনো
কয়াদা ফীদম্নফম ওইরিবা!

ডাক্তরখানা লায়েংশঙ
অশোল অনানা পুমথল
পোথাবা তুম্বা ফংজদে
থকনি চানি কাউনৈ
নাইটিংগলগুম মিনুংশি চাউই
কংথোকপনা মশরুকনি;
পুকচেল চাউবা ডাক্তরনি
কয়াদ ফজবা শাজংনো।

শিষ্য নিংবা গুরুশিং
কংথোকনৈ মশাবু
তুংগী য়ুম্নীরেম্নী খন্দুনা
তেঙ্গবুক্লা লাপ্পা, পারানা নক্লা

ইকনমীক ব্লোকেদ মশক খণ্ডদে
হিংবগী মমল লৈরি।

ছাত্রনা মথৌ তৌরি
কেসন থোপ তারি
কয়াদ মথৌ খণ্ডগ্রবা
কয়াদ ফজবা শাজৎনো?

থীকাদার ইঞ্জিনিয়ার
ফুরিৎখাউ হাণ্ডলি
পুকচেল শেংনা ফজনা
তৌরি সেবা মরেবাক্কীদমক।

অমুক্তং শাবা থোং
শেনচুরি তন্থাই চৎলি
কয়াদ নুংশিনা শোগ্নে
চুমগ্রবা থৌওংনি হায়নৈ।

শাধুবাবা লাইনিংবা
ফিনুংদা থাণ্ডশাং পায়দে
ঝুলিদা য়ুণ্ডাণ্ড পুদে
চীন্দা নাম শোল্লি

খুত্তা মালা পায়রি
মতমগী হেগ্লোয় উরগা
মীৎ-না চোইদে
কয়াদ ফজগ্রবা শাজৎনো?

মতমগী দুকান্দার
তৌই সেবা মীয়ামগী
চানবা চিঞ্জাক্তা পোৎয়ান তৌদে
চুন্না শেংনা তৌই
চান্নরগা হকচাং শোকপতনি
কয়াদ ফজগ্রবা নীতিনো?

ইরমদমগী থৌপুবশিংসে
শেঙ্গা থুমজা তৌদে
অচান মীরাই নাইদে
লাইর ঈনাক খুনবা খায়দে
অতোল অতাবু য়োকখথলি
মান্নবা খুনাই পুরকলি
কয়াদ ফজ্জগ্রবা নিয়মনো
কয়া চুন্নবা মওংনো ?

অফবা ময়ামসে উরগা
ফথলমদ্রবা ঐসে
ওইনিংই অমুক্তংদি মখোয়গুম
মীংচৎ উরোং খিন্দুনা
হিংবগী মমল লৈনা
ইতিহাসকী লমায়দা
সনাগী কালিনা
ইরন্নবা তুংগী মীরোলগীদমক ।।

তাং ১৭-৪-৯৮

# মীকপ থোক্লো

কৌরে অথৌবা
ইমানা নঙবু
মতম য়ৌরে
মীকপ থোকলো
করিগী বাংলেনসিদা
নিঙাইদনা তুমখুল তাললিবা।

নঙবুত ঙাইবদা
বাজরবী ইমানি
নোংমত্ত নত্তে
ইমাগী পিরাং
থাবুম কয়া
কুমজা কয়ানিনে;

য়কায়রোনে অথৌবা
উজবদা নশক্তমদো
থকত্ত্রগনি মীৎলু পিরাং
হরাও মীনোক তমজরনি।

বাজরবী পলেম ইমানি
হৌরো-হৌরো অথৌবা
ছক্রসি প্রেমগী লিক্লাং
পারী-মমোম ঐথোয়না।

তাং ১-৭-৯৫

# লোক্তাক ইমা উরুবদা

লোক্তাক ইমা লাইরেম্বী
কপ্লি পিরাং শিহ্লা
থাওজিং মাগী মশাইগোন
পাউদমলীনে তেংথানা হিক্লা।

শক্তম হোংলে ফিভম কায়রে
বাবদা থেংলে মচাশিং কপ্নে
ইমাগী শক্তম ইরোম্নুংদা লুপথিদৌরে,
দুখেগী বারীসু তাবুনুংদা লৈদৌরে।

ইমাসু তেংথারি শগাইসু মীপাইরি
কদোমদনো পুন্সি কদাইদনো পম্বুং
থম্মোয়নুংগী পাউদম হিংকগী দাবী
মাংখরে আশা মুংখরে থাউমৈসু।

অহিং মমে ওইর-ওইরগা
শক্তিক থবা থবানশিংদা
তেংথাজেনে ইমানা অত্তাওবীগুম
শিহ্জেনে পিরাং লেপ্পাইদনা। ✍

তাং ১৩-৮-৯৬

# পীনবিরোনে নঙান

ঙহাক মীৎসিনা খাংঙমদ তুমলুরগা
মীকপ থোক্লকই নঙবুত নীংশিংদুনা
মপান নাইদ্র সংসারসিদা
নুংশিদুনা ননাইবু
উহনবীরে অবা-নুংঙাই।

নঙগী নীংথিবা শকলোনগী শক্তমদা
ঙাওজদুনা ননাইনা শোঞ্জরগা
পেঞ্জদুনা কপ্লে থম্মোয়শে
পিরাংনা ঈচেল নাইরক্লে।

য়েংজনিংবনা ঈথৌ লাংজরে
উজবদি ফংজদেনে,
কদাইদনো হে! ইবুংঙো
চেক্লানা শক্লিবা নঙনবু

তাজরগা কয়াদা হরাওজবা
নুংশিবনা হায়ফম খঙদেদো।
ঙচ্ছানবা নোংজাবীনা নঙগী শক্তমলা
কোরৌ থাজনা নঙগী মায়থোংলা?

শংলেন মালহৌ মালেমনা
নঙগী ফিজোন ওইবরা
লীরি হম্বা মলয়ানা
নপাউতবু পুদুনা

তাইবংদা বিশ্বপ্রেম য়েনবরা
মালেমদা শিদয়াই থাবরা?

মপান নাইদ্র 'তিয়াদা
মশীং থীঙমদ্রবা থবানমিচাক্কা
নঙগী নতিক নয়াই তাক্তুনা
তাইবং পুম্ববু শুক্কাথলিনে

উজনিংবনা ঙাওরেদো
শোঞ্জবসু লেপচদেদো
তপথদ্রবা থম্মোয়না
নঙবুত কৌদুনা কপচেদো।

নঙগী থৌজাল ঈথৌ লাংলেনে
ফিজংনুংদ লৈবিরনুনে
হে! ইবুংঙো থম্মোয়গী মবুংঙো
মঙালদুতং পীনবীয়ুনে

অবা নুংঙাই ইমান্ত মায়েনে
খেন্নবগী অবাবা লৈজদেনে
পুন্নমক নঙগী থৌদানি
পীবিরোনে অচুম্বা মঙালদুতং

মপোক মপোক খুদিংদা
ঙালহনবীনবা ননাইগী থম্মোয়বু।

তাং ১৫/৩/৯৫

# ওল্লসনু সাহারা

থাজ নঙসু লোৎশ্রো
পীঙমদ্রবদ অইংবা নঙাল
তাইবং থম্মোয়দা
কৈদৌরুনি কোরৌ নঙসু

চাকথেকহনদ্রবনিনা মালেমসিগী
তমথিবা পুকচেলশিং।

চুরুনুনে ইঙা নোংজু
চামথোকপিরোইদবা লৈরবদি

ঈখেং তারবা ইমাগী হকচাংবু
ঈতনা লুপ্লবা পলেমগী

ঈহিং-নাইহিং শারবা
ইমাগী খোঙ-খুৎ।

কোকহনবা ঙমদ্রবদি খুদাংগী পিফম
করিগী য়েল্লিং হুল্লুনি

উপাল-ৱাপাল, হৈপাল-লৈপাল
ওল্লসনু লৈকংলাগী মরুভুমি!

মীওইবা হায়বা জীবসে
শেমলসনু অমুক নৌনা
মালেমসিনা মুৎথ্রবদা

মপু মানা শায়োন্দুনা
মীওইবা ওইনা য়াইফবা পুংজাদা।

তাং ২৬-৫-৯৭

# পোক্লফম লমদম নুংশিবী

পোক্লফম লমদম নুংশিবী
য়েংখিবা খুদিংদা মীংফম হোংবা য়াদেদো
শাংলে চীংশাংনো কোকথোন ওইরিবী
শংবান্ন 'তিয়ানা গুমথৈ নাইদে

অরাপ্পদ খুঙ্গংশিংনা তুম্বক তুম্বক
তান্ন চীংয়া নাপোমনা
লোয়রোয় লোয়রোয়
শন্নখি খুঙ্গংশিংনা নেমনেম

শংবানবা লবুক্লা পাক্ল শন
লিরি হুম্বদ মলয়ানা
ফৌনানা জগোয় শারিবা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদো।

লমগী চেক্লাশিংনা
তুফাং খপ্পা পাইদুনা
ফৌনারক্তা লোথলিবা
উরগা কয়াদ হরাওজবা।

অঙৌবা লৈচিল মপৈনা
চীংলোন লক্তা কেকু লোথপি শানদুনা
ইমাগী নীংথিবদা লৈতেং হাপ্লদুনা
শমজিরৈগুম নীংথিজৈদা।

অতাম্বদা খুঙ্গাশিংগী লৌতাংশঙদা
খুল্লং ঈশৈ তাম্ভাদা

ইমাগী ফজবা চেংলৌবু য়েংজরগা
অবা পোথাজরিবা।

ফজৈ ইমা নুংশিবী
মপোক মপোক কাউঙমজরোই
নতম্বাক্তা পোকচগে
নশাইগোন্দ চাউজগে
হে! ইমা পোক্লফম লম্নুংশি
থবায়দে হেন্না নুংশিবী।

তাং ১০-২-৯৬

# ঙায়খিগদ্রা




করিগীনো লোৎলিবা নঙনা
কনাবু ঈকাইরিবা

কীরিব্না কনা?
ঙাইরিব্না কনাবু?

বাহংনি,
নঙসু, ঐসু, মাসুনি
সুপ্নগী মত্তং —

পাউখুমদুনি ঙায়রিবা
চোৎলবা পিরাংলক্তগী
ঙাঙলবা ঈখেঙলক্তগী
শিন্থরকইবা হকচাংদুদগী

অমুকসু—
তমথিবা থম্মোয়লক্তগী
নুংশিহৈত্র মীনোক
খোঙ্গেলদুগী খোম্থাংলক্তা

চেল্লবরা কীদুনা
অরাপ্পা সমুদ্র মপানগী
চিক্লবা মী তাব্রবা লমদুদা

শাম্নরিব্রনে নদোম
মঙলান্দ মঙলান তম!
অথেংবা অহিংদ লম্মেনা

লমজাওখোম্ন চাক্লবদা
মৈবায়রনি কীবরা?

হে। শাক্তিনী লাইব্রেরী

তায়খিগত্র নঙবু

যুগসিনা লোইরক্ফাও

মালেমসিনা উং ওনত্রফাও। ৩

তাং ২৫-২-৯৭

# লম্বী চংপা

হে লম্বী চংপা
থাংউনে খোঙথাং কন্না
মাংদ চৎথিবা কয়াগী
খুনামবু য়েংলগা।

য়েংলকনু হন্না
লমথুংফমদু য়ৌস্রিফাও
চেংলু পুক্লিং
ঙাকউ বাশক

খুৎপায় চেংলু
পুক্লিংনা হম্বা পোক্তনবা
পীয়ু হেন্না থৌনাদো।

তরাইবনি খনগনু
খোঙফম চেংলু
হে! লম্বী চংপা

লৈরমগনি তিথ্রঙ তুম্মৌ
নাক-য়েং
মায়থিবা কয়াগী দৃশ্য
মদুনসু নঙবু নীংহম্নগনু
চংলু পম্মুংগী আশাদা
খুদুম চেংনা পায়দুনা
হে! লম্বী চংপা!

শংবান্নবা লবুক-লমহাংনা
নঙবু থৌনা হাপ্লক্কনি

অবাংবা চীংদোম্না নগুনবু শক্লককনি
নামিবা মলয়ানা নঙবু তেকখৎহনগনি
নঙগী হকচাংনা বার চোকথরবদা।

চীংদোনগী লৈচিন মপৈ মপৈনা
অঙৌবা লৈরাং চাইথরকপগুম
খিকথরককনি নঙগী কোকথক্তা
খুজোক খুজোক
মতমদুদ নঙনা কয়াদ পেনগবা!

বাকচিংগী লাইজ-ঈরিকনা
খিকপিনি নঙগী হকচাংদা
ঙহাক পোত্থারিঙে
মনা পুংলা পামেল মখোঙদা।

রস পুম্বা তিন্নবা
পুক্লিং হুবা হৈনম লৈনম্না
নঙবু মুক ঈথৌ লাঙহনগনি
হে! থৌনাফবা লম্বী চৎপা!

নঙনা হৈজ্জ শিংজরদি
থাদোকউ তাঞ্জাদো নাম্থোক্নুনা
নঙবু শুম্বা লাইরেম্বী
মতমগী খোঙচৎ থৌপুবী
কামগী শকলোন পুদুনা
নঙবু তোয়না হৌরনি।

খোঙফম হনগনু
খুদুম চেৎনা পায়দুনা
পুন্সি থৌদা পাঙনবা
হে! লম্বী চৎপা!
পাঙথোক্লমউ নথৌদাং
নুমিৎ থা থবানমিচাকশিংগী

মুথনাইদ্রবা মীংলেনগুম
লৈহৌনি নগুনসু মালেমনা লৈরিথে।

শিবিনি নঙগী গুকশমদা
জয় ওইবগী সনরিক পরেং,
ময়াই কাগনু মতমদুদা
কাউগনু শেম্বিবা মপুবু
মদুনা নঙগী নগুন্দা
সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনগনি।

তাং ৭-৯-৯৬

# সনাগী থম্বাল

মপুই লৈকোল লৈরাংশিং
শাংঙমদ্রে ফুগায়না লৈকাফনা
পুন্সি মসক তাকঙমদ্রে
মপুই থৌদা ইনঙমদ্রে।

নীংথিবা চেংলৌনা তাইবংবু লমজিংলম্বা
মতম 'মগী তরং থোক্লমবা কোরৌসু
খনজিনখরে মমল লৈচিল মপৈনা
তাইওন্নরে ঙসিদি

খল্লমবা বাখল নিংলম্বা আশা
মাংগ্রে উফুল্লক্ত চাকগ্রে মৈরীলক্তা
শাজরুবা আশাগী ফুরাসু
নিংথায়রক্লেদো মচোয়না।

কদোমদগী হৌরকপনো
কল্লক য়েংথি মৈরীসে
চাকগ্রেনে মীওইবগী লীচৎ-লীকলম
থম্মোয়নুংগী মরীসু মৈরীলক্তা তিনগ্রে

লমজাওখোনবা লম্মৈসু
হৌরক্লে মাইগৈ খুদিংদৈ
মৈচাক হেন্না ফরকলে
তাঙ্গোই ওইনা পাইখরে।

হিংলম্বা হৌরম্বা মালেমথকসিদা
মৈশালক্ত মাঙখরে—

তেংথাদুনা কপচে থম্মোয়সু
মপুই চরনথাদা
নোংদোল ঈরা খীকথরক্লে
মপুই থৌজান ঈরিক্ল
মুৎথ্রেনে লম্মৈসু
থাজদন লৈরমই
তাঙ্গোইলক্তা সনাগী থম্বাল।
ঈয়াইথক্তা শাৎলমবীদো
লৈকংথম্বাল ওইররে।
মশেক মঙালতনা ঙাল্লরে
নোংমদোল কৌরৌগুম,
লৈচিল মরুমদগী
অনৌবা আশাগা লোয়নননা
লেংদ্রবা লন ওইনা
যুগ কয়াগীদমক।। ✍

তাং ৭-৯-৯৬

# কনানা লানঙম ফিরাল

কৈদ চৎখ্রে ইমাগী মপারী
মচে-মচল কয়াগী
ইজ্জৎপু কনবা ঙমবা
চীংলৈবাক মনিপুরগী
অথোইবা মপারীও!

ইমাগী ঈকায়খুম্নববু ঙাকথিবা
পাঙ্গলবশিং পোকথিখ্রে
কনা লৈরি?
লৈখ্রে কনাসু!

মশাগী কান্নবা থীবা
মদোম নুংঙাইনিংবা
পেছোকহৈবা অয়ম্বঙাক ঙায়রে।

পীক্র বাখলগী লংলানা পুন্সুনা
পুরিনে ঙসিগী মীওইশিং
চোংথরি নরকী কোম্নুংদা

চানরি শেৎ-শেৎতুনা অঙমবা
ওহ! য়েংহৈখ্রেদা!
ঐনা উরিবা দৃশ্যশে
সিবু ওইরিদরা
দুঙেগী ঈরেবাক মনিপুর
নৎত্রগা
ওইরবরা অগ্নীপুর
পুন্নমকশিবু উরগা
তেংথাজরি থম্মোয়না।

অশোক-অনাগী মশাদগী শিষ্থরকপা
ঈ-নাইবু চাগদবগী ওাইরিবা
হে! ময়াং কাক
নওদি তুজুংদে হরাওই,
বোম-তোপ নোংমৈরক্তগী
য়াম্থুরবা পামেলগুম
চৈনারক্তা ওম্ন-থোইনা
মীকপ মীরাওথোল্লক্তা
অদুবু,
হংনিংই বাহং অমত্তংদি
অশিবগী লৈবাক্তা
কনানা লানগুম ফিরাল
করিনো তোংজবা
মাংজবনা কদাই?

তাং ১০-৪-৯৭

## চৎনবীনি

উরেদনা!

তারেদনা!

করি মতৌনো

হিংলিবরা শিরবরা?

হাৎতোকশ্রে।।

তাং ৭-৩-৯৯

# অনিগী খেন্নবা

ইরমদমগী পামেলদি
চাওদম থীল্লি
ঐখোয় বাবানা পুরকপা
মীরমদমগী পামেল চারনি
হৌরিবসে পুথ্রিসিগী মপান্দা
কয়াদা ফজখ্রবা!

য়েংবগী পেন্নাইদে
মশা মরেংনা ফল্লিবা
মনানা পুংলিবা
খঙহৌদে মতম
কাঙদোং হেক্তা ফারকই
ওহ! পুথ্রিসি কংলকলে
কুমসু কাঙলে—
ঈংখোলসিদা হৌবা
পুপুনা থারম্বা
উপাল ৱাপাল খিবিক
ঙমনা লেপকং কংলক্রে।

অঙকপনি!
বাবানা থাবা
মীরমগী পামেলদি
কয়াদা নীংথিরবা!

তাং ১৫-২-৯৭

# চৎখ্রবদা

কপ্পনু হে! পুক্লিং
পিরাং নঙসু শিঙ্গরনু
থম্মোয় নঙসু নুংহিক্লরনুনে
পুন্সিসে খাংঙমদ্রে
পুক্লিংসু লৈতাদ্রে
মালেমনা তেংথারক্লে।
উপাল-বাপাল
ঙন্না মরু কোক্লে
লাক্লবসু বসন্ত
য়েম্লিংদি ছদ্রে
তারগসু নোংলিক্ল লৈমায়দ
মালেমদি চোৎত্রে।
কোরৌগী অমুবা শক্তম
থাজগী মায়থোঙগী নীংথিবা
কদাই লৈত্রে মঙাল। ✍

তাং ৯-১-৯৭

# কংলা শানা কপ্লি

নঙনা হায়
নঙনা মহেন্নে
মানা হায়
শিংবদা লৈররোই মাগুম্বা!

ঐসু তায় পূন্নমক
খলহৌই থম্মোয়দা
ঐনা মপংলবরনে মীওইরকসিদা

চাকনিবা
নিরি অচৎ অওক খুদিং
পৈশা 'মত্তা!
বাবু, পৈশা 'মত্তা!

য়েংদে কনানসু মীৎচিনফাও
তিংথোক্লুর খুৎতো
তনিক তনিক চিংশিনলি
নিংঙমদন নিংবা কায়না।

থাংঙমদবা খোঙথাংনা পুদুনা চৎলি
নাম্ম শোইরবা মাগী হকচাং
মীয়ামলক্তুদা আশা অমগা
শকলুই ঈশৈদো,

হৈজবী থাদুনা, কন্না লাউদুনা
তাবিরমদে শৈহেকতো কনানা
চৎনরি মহৈ মহৈ
য়াইতোং খমদোং পূন্নমক।

মনাদসু হাপখিদে
উবফাও উখিদ্রে
ইমাই মমোম মানবী মাসু

বোইকৎ, পারলর দিসাইনেসন,

সিনেমাগী হিরোইন মান
কেনা-কেনা, তুবৎ-তুবৎ
শঙ্গু শঙ্গু
বেলকোনি তম;

তাবিখিদে চাকনিবগী ঈশৈ
চৎখি বা বা নোক্তুনা,
নুংঙাই নুংঙাইবা বারীদা
নীংথি নীংথিবা আশাদা।

ফজ্জ ফজ্জবা দৃশ্য
হোটেলদা পান দুকান্দ
অহিংগী —
অরোনবা বারী
পার্টি
অচিকপদা।

নুপা-নুপী
পিয়ার পিয়ার
পিকনিক—
সনদে পিকনিক,

পূন্নমকসিনা ইমাগী মীংচৎ
ওহ! ওহোকপনিদা!
ইমাগী কংলা শাসে,
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবদা
কপ্পীদো থম্মোয় শোক্রা
মবুক হাপ্পা শিথ-শিথ;

পলেম মানবী ইমাসে
তরা কৈথেল ফম্বীসে
লোম্না তৈথোকখি ফিজিনা
থীংঙমদ্রবা মীৎকী পিরাংবু। ✍ তাং ৫-১০-৯৫

# খুমলসি পাউখুম

অকা-অকুম
　　পুন্সি খোঙচৎ
　　মীনোক মৈশা লোইবা নাইদবা!
শিব-চংবা
অমম অঙান
　　মীওই লাইবক খুবাক খুনম।
তাইবং মপুনি
মপান নাইদ্রবা
　　পলেম পম্বৌনি নুংশি ঈফুৎনি
　　ঈচিল-ঈনাওনি ঈরিনি মরীনি
　　নুংশি ঈচেলনি তৎত্রবা লংলানি।
কিরসি কিসি
থম্মোয় থম্মোয়বু
　　খুমলসি পাউখুম
　　চহি কয়াগী মমাংদগী
　　　　হংদুনত লাক্রবা।

তাং ৯-৩-৯৭

# চমন্নবা

মফম কৈদ চৎলগা
লমদম কৈদ লৈরগা
ফংগনি পুক্নিংগী অইংবা
ওইগনি থম্মোয়গী পোত্থাফম।

তাইবং মালেমসিদদি
লৈত্রে শান্তি
মাঙস্ত্রে য়াখলগী পল্লেপফম
অমুক ফংলরোই থীবা!

মফম মরাং খণ্ডদ্রবা
জগৎ সংসার সিদা
লৈরিব্রনে চুম্বা হায়বদো
অরানবত হৈনরবা মীওইরক্তা।

মাংথরক্রবা মীওই সমাজ
নুংশিবা, ফজবা য়াওদ্রবা
মাং-তাক্রবা য়ুমফমসিদা
শাগৎলে অনৌবা সমাজ।

য়েংউ কৈদ চৎখ্রে
ইকাই থীরবী নুজা ওইবীশিংগী
পবারবা ইনফী
ওস্না হুমদোকখরে মতমগী নোংলৈনা।
নুংশিবনা কদাইদ লোৎখ্রবা
অপাম্বনা কনাদা তুংখ্রবা
খণ্ডদ্রে পুন্সিশে চমন্নরে
খুদিংমক ইমান মাম্নখ্রে।

নুংশিবনি হায়না খল্লুই
হুম! অপাম্বদুম ওইরমই
তাইওন্নরে ঙসিগী তাইবংপান
খল্ল-খল্লগা চমন্নরে।

মতম 'মদা হায়নরমই
মৈতৈ নুপীশিংবু সোন্নরমই
অশেংবা সতী 'খাওকন্বী
বাশক চেৎপীনি পুন্সিগী।
অদুবু কদাইনো সতী
বাশক চেৎপী মাবুসু
ঙস্না হোংহনগ্রে মতমনা
লৈত্রে সতীগী ইজ্জৎ।

নুংশিবা অপাম্বা করিনো?
নুংশিবগীদমক পুন্নমক থাদোকপা
অপাম্বগীদমক পুন্সিগী থুংনবা
মসিবু অচুম্বরনে চমন্নরে।

নুংশিবগীদমক তৌব্রা অত্মাঘাত?
অপাম্বগীদমক তৌব্রা বিস্বাসঘাত
নুংশিবগীদমক ফংনবা বাখল
তোয়না খন্দব্রনে চমন্নরে।

অপাম্বদি ফংহৌদ্রগা থোইনা
কনদব্রা মাগী লীচিং!
শিগ্রবসু নুংশিদুনত অদুম
লেংদনা লৈব্রা নুংশিবদি!

চমন্নরে মীওই পুন্সি
খল্লু খল্লুর খঙদ্রে
মফম কদাইদ লৈগ্রবনো
অচুম্বা হায়ব পোৎশকতো?

তাং ১০-২-৮৩

# আশাদুনা মাংখ্রবদ

হিংনিংলম্বনি মীৎকুপ ’মত্তসু
নুংঙাই মঙলান আশাদা
নুংশি ঈশৈ সুররক্তা
অদুবু—
করিগী নঙনা হংলিবা
তত্তনা ৱাহং কয়া
খুম্বা ঙম্মরোইদবা মপোকসিদা।

হায়রসু থাজদে নঙনা
থাজবা হায়বৈ অর্থসু
লৈত্রবসিদ ঙসিদি।

মঙলানগা তাইবংগা
খেন্নরিবদুসু অনিসিগী
খঙনিংদুনা থীরুবনি ঐসু,

হংলবসিদদি নঙনা
থীনিংলুদ্রে অমুক
উরুবসিদদি হায়দ্রবসু ’মুক
খঙদ্রনে নঙবো
মঙলানগী মঙলানঙাক ঙাইরবসিদা
তাইবংবু লৈরিব্রনে?

অচুম্ববু য়োৎশনগ্রবদ অঙম্বনা
ঈথৌ লাংলিব্রনে ’মুক হন্না
’দুঙেগী হিংনিংলমবা আশা।

তাং ২২-২-৯৭

# মিলে নঙন লাক্লবদা

চৎথ্রে লোইথ্রে মতমদো
মীকপ মীরাওখোলতনা নীল্লবা।
চহিসিনা লোইশ্রগা
লাক্রে অনৌবা মিলে
অনৌবা আশাগা লোয়ননা।

পুরক্লনি য়াইফ পাউজেল
চুরক্লনি শান্তিগী নোংলিক্লা
মালেম শিনবা থুংন
চামথোক্লরনি ময়াইকারবা
তমথিরবা পুকচেল লোয়নরবা
তাইবং থম্মোয় খুদিং।

মাগী ঐগী হায়বা
খুর খোল্লাও কয়া
পুথখরনি ওন্না
শান্তিগী ঈচেলনা
ধর্ম্মগী ঈপাক তন্না।

ওহ্! নুংশিদরা য়েংউনে
মচা কায়নরুরবি
পলেম লীশিংনা
মীৎকী পিরাং তৈথোক্লুনা
শক্লকলে হরাও মোমোন্নদুনা
নুংশিবা সুরদা
মত্তা ওইথ্রে তিয়ামকোয়দা!!

তাঙ্গোয় ওল্লুর চীংমান
য়েন্নিং ঙ্গনকলে নৌনা
হৈপাল লৈপাল খুদিং
অনৌবা লৈশাৎ তমলকলে।

পোথাফম খণ্ডজদ্রবী
চেক্লাশিংসে—
ঙসিদিনে য়েংউসে।
তুফাং খপ্না পাইরেসে
চেক্লা কয়াসু
চানিংবা হৈরাং চিন্দম্লগা
মখৌ পোংনা খোংলরনি।

লৈরাং খোইমু খিবিকসু
নুংশি ঈপাক্তা লুপ্লরনি
থম্মোয় ঈনিল কোক্লরনি।

অদুবু —
লোৎখ্রে লৈনমচাওবী চিনিচম্প্রা
তিম্খণ্ড পানবী কেতুকী
উখিদ্রে —
লমগী খোইমুবু কীবনরা
মালিনবু মীরাইবরা।
পাম্মুই। পাম্মুই।
কাউঙমদে লৈরাং লৈনমদি।

নাগেশ্বর চীগোংলৈ
মমিংত ঙাইরে
হরিবোল লাওবদদি য়াওশংগী
চীন্নরি নবা কয়ানা
লমদম কৈদগী হেক্লুবনো
হৌফম শাৎফম্ন কৈদ
থীবু থীরবদি ফংবসু য়াই
চৎকেবু নীংদরবা য়ৌবদি লৈররোই।

ওইরনি য়াইফবা
মঙ্গলগী লৈরাং খুজোক থিক্লরনি
মালেমদ লৈরিবা খুদিং
লেংলরনি লংলানা
লৈথল চানা লেংবগুম
তথক্রবা লৈ পরেংগুম।

লাওরনি খোল্লাউনা
অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা
অপুনবগী শক্তমবু ওাক্লবা
অচুম্বনা অয়ানবগী মহৎশিন
য়েক্লবে কোঙ্গোয় হক্তোক্লুনা
চান্নবগী লৈ-পরেং শিরসি।

হিংসাবু শেগায়দুনা হন্দোকশ্রগা
অহিংসাবু লাইজ থিকপিদুনা
মখোঙ শোল্লসি
পূরক্লসি অনৌবা মপোক
য়াইফবা পুংফমসিদ
অনৌবা মীরোলগীদমক।।

তাং ৫-১-২০০০

# শক্তি

অহৌবা মখোল অমা থোকখিবদা
চেম্নরকই মীয়াম
মাইগৈ শলাই খণ্ডদা।
মখোলদুনা নেমখ্রগা
হুপচিন্নৈ মীয়াম গ্রুং,
কনানো, কনানো হংনৈ
উরকই—
লৈমাইথক্তা য়াতারিবা,
অঙাংবা মচু শংথ্রবা
ছাত্রী অমা!
ছাত্র অমা।
পোৎফম ফম্বী অমা!
মীহাৎপদি ???
শক্তি লৈবা!!!

তাং ৬-১০-৯৮

# অনৌবা নত্তে

ইমা, ইমা
ঐখোয় রাজুদো
চৎখ্রে
কদাইদা
স্বর্গ কাখরে
অদো ইমা
বন্দ তৌরোইদরো?
হেরা! হুই শিবদবো! ✍

তাং ১০-৫-৯৯

# মুৎখিগদৌরে

ওৎপি নৈবীবদ খাঙণ্ডমখিবা
লৈখিবরা জাতি
হৌখিবা পুবারীদা।
চহি তরেৎ খুত্তাকণ্ডে
খুত্তাক লানশিখি।
হনবা লৈখিদে
অহোইননা লিংজেল খাখি
অবা তুন্না হাৎখিদো
কংলৈপুংগী মপু 'মুক ওইজখি
হাই ছন্না পানখিদো।
বাংলেনসিদসু
মথৌ তারক্রে
হোৎনরসি ঐখোয়পুম্বা
মাংখিগদৌরে মিং
মুৎখিদৌরে মরু কংনা।

তাং ২৫-১০-১৬

# সিন্থা

নবা অঙাং ওইরিঙে
খঙহৌদে মীৎকুপ পুংজা
বাংলেন অমদগী কোরৌ অমা
কোরৌ শিংবুন্না থাবুম অমা
থাবুম কয়ানা কুমজা অমা
কুমজা কয়ানা
লাংলোন অমা।

মথং মথং হৌখিদুনা
তাইবং শকফম হোংলক্লে
তেল্ল যৌবন পুন্সিনা
মীৎকুপ অমনি
মীৎকুপসিনা মরুনি
তুংগী পামেল চারনি।

মখোঙদবু সোমদুনা
মপাল মউ ফহনসি
মশা মরেং ফল্লগা,
তাইবং জীব পুম্বগী
থুপচফমবু ওইদুনা
অইং-অশা খাঙনফম
চংজফমবু পীরগা
শীদ পামেল ওইদুনা
তুংলমচৎকী মীরোলদা।

শিদয়াই নাদয়াই পীদুনা
পোকপৈ মহৈ য়াম্দুনা
মপুই শিন্থা পাংলশি।

তাং ১৫-২-৯৪

# শীঙ্গারে

চিংখৈ ফিদুপ হুন্নক্রে
পোম্বী চেক্লা য়কায়রে
লোৎপ্লে মমবা লাইরেম্বীসু
ইংল মলয়া নুংশিৎসু
খোঙদোয় হুন্নকলে থীন্দনা।

মশাবী কায়নবে ঝাখলদ
পৎথরুরবি লৈরাং কয়াসু
অহিং লিক্লানা চামলগা
মালংগী শাহুম ফংবদা
অমুক ফংজরে অনৌবা আশা।

অয়ুক্কী নীংথিজরবা শক্তমসিদা
অবাবগী মায়থোংনি শীঙেল শীঙ্গারে
নঙবু উরুবদি থম্মোয় নুংঙাল্লি
লৈরাংন চোয়না তাবা উরগা
কপহল্লি নীংঙমদনা।

লাইবক ফবীনি লৈরাংদি
কেলশ্লবসু লৈরাংন মচোয়না
মীৎকুপ মতুং শাৎলম্লগা
মফম খুদিং শীলদৌরি
লৈরাংগী নুংশিবা লৈনম্না।

লৈরাং ও। লৈনুংশি শীঙ্গারে
খোয়দারুরে নহাক্কী পুন্সিবু
ওইজনীংই নহাক্কুম লৈনমচাওবী
শন্দোকশ্লসনু ঐগী লৈনমসু তাইবংদা।

তাং ৩০-৫-৯৬

# কলিগী অবতার

মুগ মু
লাংগ লাং,
বাংগ বাং
চাউগ চাউ;
কীজৈ য়েংবদা
কলিগী অবতার!
কোক্তনা গনতন্ত্র লুহুপ
চীন্দনা স্বর্থতাগকী খোল্লাও,
খুত্তনা করপসনগী থাঙশাং
খোঙদদি অহিংসাগী খোঙউপ
থম্মোয়দদি হিংসাগী মুর্ত্তি
শান্তিগী খোঙথাংদা।
থাঙহায় মদা
থবৎ, থবৎ
লৈমায়দা জ্বায়।

তাং ৬-১০-৯৮

# কনবিয়ু

হোংলেনে মালেম হোংলে
পুমহোং হোংলে তাইবং খোঙচৎ
মীওইবলক্তা লৈনবা মরীসু
ঙন্নমক মাংশ্রে।

কৈদ চৎশ্রে
মীওইবলক্তা মিনুংশি
মপা-মচা, মচিন-মনাউ
পাঙ্গল কনবা খুৎলাই পায়বা
লৈত্রে মিনুংশি মাংশ্রে মরী।

খঙদ্রে অচুম্বা
মতম অমগী আইন কানন
কদাইদ চৎশ্রে ঙসিদি
লৈত্রে অচুম্বা
মমল লৈত্রে মীওইবা
মতু শোনবা খুনাই
লৈত্রে খোঙদাকম।

লাক্রোবা হে। তাইবংমপু
নঙনা শায়োল তৌদুনা
পুরক্রোবা অচুম্বা অশেংবা
মীওইবলক্তা মালেমগী
কলহৌনবা অচুম্ববু
মুথখিদৌরবা মালেমদগী।

তাং ৫-৩-৯৬

# অপুনবা খোল্লাও

কদাইদ চৎখরে
চেক্লাশিংগী য়কাইরোল
নীংথিবা অয়ুক্ল লাকপদা
ক্লাক্ল পাউজেল পুরম্বা
চরোইনা তেত্তু খোংলম্বা
তাখিদরে ঙসিদি।

লোৎখ্রবরা কীদুনা মতমগী নোংলৈবু
কল কারখানাগী
অশাবা নুংশিৎনা
হুমদোকখ্রবরা হাদ চেক্লা ও!
পঞ্চম সুরদ খোংদুনা
তাইবং থম্মোয় শুমলমবা
হাদ! কোকিল!
লমদম কৈদবু পাইখ্রবা
লৈখ্রবরা লোৎতুনা
নঙগী কাঞ্চি লৈকোল লৈহাউদুদা
কবি মানা লাকত্রিফাও।

হাদ চেক্লা তাম্না
অহিং চাক্তাবী,
তাংলৌ লৈনা থেংলবদা
মৈশানা মৈবায়দুনা
লৈহেররোই খল্লবরা মীওইরক্তা
'মগা 'মগা হাৎন শুনবা
মিনুংশি য়াওদে য়েংনিংত্রবরা?

কাংলুপ মশেন হাৎনবনা
তুজুংহল্লবরা নখোয়বুসু
হাদ চেক্লা শকলোৎপি।

ওল্লবরনে নখোয়সু
চীংনুং মানুং চাক্তাবী
তাইবং পানবগী শাদোংশেং
চারবরা 'শিব ময়াম
নোংমন্ত কাংদ কেল্লিবা
অয়ুকী শীঙ্গারেগুম
লম্বী শোরোক লবুক লমহাংদা।

মিনুংশিগী থম্মোয়সু মাংম্রবা
মীওই সমাজদা।

অদুবু —
হাৎনৌ হায়নদি তাক্লমদে
ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াদা।

তাইবং মীথোই মীহেন
লাইনি ভাগুনরিবা
তাক্লমইনে পোরমবু য়াৎতুনা
তাইবংপুম্বা নুংশিন্নবা।
'মগা 'মগা চান্নবা লৈরগা
পুরক্লবা জাতিগী একটা,
অপুনবগী লীচিং
মসিনি তাইবং লীচং
মসিনি পামজিবা ঐথোয়না
লাক্লো পুন্নসি
লাওরশি অপুনবা থোল্লাও।

তাং ৩-১০-৯৬

# মীয়ামগী লুচিংবা জননেতা

নহাক্তবু ঙায়রি
খোঙদোয়রক্লোবা হে! অথৌবা
জাতিগী য়ুম্বীরেল কয়ানা
খুত্তা মৈরা পায়দুনা
থীরিনে নঙতবু
হে! অথৌবা য়াইফথোইবা!
চিরোল খারোল য়াওদবা
অচুম্বনা খুৎলায় ওইনা
নথৌদাংনা মাংওইনা
তাইবং সেবা ফংলমবা
নহাকনিনে থীরিবসে।

লোইজিং লোইয়া, খুল্লক-লৈরক
অচান-মীরাই নাইরমদ
মিনুংশিগী থম্মোয়বু য়েল্লমবা
জাতি বীজাতি খায়দনা
অপুনবগী শক্তম শাগৎলমবা
হে! লুচিংপুরেল!
'জন-নেতা ইরাবত' কোলোয়নবও!
নহাক্নীনে ঙায়রিবসে।

নরোই ননাও কয়ানা
অহিং মীৎশেল খাঙদুনা
নঙগী মাইগৈ য়েংলিয়ে
লাক্লোবা হে! অথৌবা
তাইবংলক্তগী অথোইবও!

নঙগী ঈশৈগী সুন্না
সুন্নরোনে মীতম্বালশিংসে
মীকপ থোক্লরুবা
অনৌবা মপোক অমদা।

নঙগী কবিতাগী ছন্দদা
পুখররো তমথিরবা থম্মোয়শিংসে
তিল্লুনবা ঈপাক্তুদা
নঙগী প্রেমগী সাগর তম্না।

হাপ্লরো নঙগী খোল্লাওনা
থৌনাদা লীংজেল
মীকপ থোক্লবা
অহিংসাগী অম্বাদো।

ওইররোই লাক্রবদি নহাক
লৈকংলা ওইরেনে ইমাগী তম্পাকথক
উদ্রবরা নহাকপো

খাম্বী মৈনা মৈবায়দুনা
মীকপ মীরাওখোলনা নীল্লিবসে
অমুক্তদি কল্লোগবা অথৌবা!!

তাং ২৫-৯-৯৬

# লৈরাংদ

লৈরাং ও! লৈশাং তন্নীবী
হরাও মথোয় কানবু
লৈকা ফম্না শাথলিবী ও!
মালংগী শম্ম ফংবদা
লৈরাংনো ফেরে হাইবদি
নুংশি মপাও তাবরা
লৈরাং থম্মোয় পেনবরা?

খম্মজহৌ লৈরাং বাখনথেম্বী
পায়মা পীবুক্লুংদা খল্লিবা
ঙৈহাক্কী ওইবা বাখলদো
ওইবা য়ারোই মদুনা।
মীৎকুপকী ওইবা পুন্সিনি
করিগী অদুক তহাবগে
লৈরাংগী পুন্সি পাম্মুম্রা?

পাইরক্লনি শোয়দনা পাইরক্লনি
খ্বাংজেংবা খোইমু লৌনম্মদো
নঙবু শুম্লরনি শোয়দনা
লৌনম চীরোল কয়ানা
মশাগী ওইজবা থীদুনা।

নঙদি খঙলরোই অচুম্মদো
মাংহনগ্রগনি পুন্সি অরেম্মদা
মাংগ্রবা তুং কপহৌনি
হিক্ল ভেংথা নাওইনা
তাবিনবা লৈরোই তাইবংদা
লৈরাং নদোম বাজনি।

তাং ২৫-১০-৯৪

# বিশ্বপ্রেমগী পাউপুবী

তমশিবা ঐখোয় নুংশিনবা
য়োকখৎশি থম্মোয়গী অক্লাদা
নুংশিবগী চেক্লাদু চেৎনা চান্না।

তাইবং পুম্বগী থম্মোয় থম্মোয়দা
চাকতাহনসি মনিংতম্না
নুংশিরবী চেক্লাদো নুংশিনা।

প্রেমগী তৎনদবা লংলানা
খোঙগী জিঞ্জুর ওইনা
জাৎ বীজাৎ খাইদবী
অচৌ মচা থীদবী

খেন্নবা থমদবী
লাক্লোনে তোংলরো
তাইবং পানবে থম্মোয়দা
ননিং তম্না চাক্তাররো।

লাও, চেক্লা!
শীদবা উপাল থারম্বা
তলা মহৈ য়াম্লিনে
চারোলাও নবুকপেম্না।
অদুগনে চেক্লা—
খোঙউ অমুক্তং
নখৌ পোংনা খোঞ্জেল হৌনা
তাইবং থম্মোয় পুম্ববু
নুংশিবগী ঈনোং হাপ্লুনা।

হকচাং, হকচাংদগী শিহ্রিবা
ঈনা লৌখোং চেন্নিবা
মীওইবগী পুকচেল মাংখ্রবা
        ধর্ম্ম ধর্ম্মী য়েংদ্রবা
        যুগসিগী মীওইশিংসে
        তাহল্লু নঙগী খোঞ্জেলদো
হাদ! চেক্লা পাউপুবী
বিশ্বপ্রেমগী ওন্নাংপা খোঞ্জেলদো
খোংলোনে চেক্লা খোংলো।
মতমদুদা থোক্লক্কনি মীকপ
মতম কুইনা তুম্লুরবা মীওম
ময়াগী লাংনা কুপ্লুরবা থম্মোয়দো
        য়কায়রক্কনি মিনুংশিগী ঈহল
        অনৌবা মপোক অমদা
        অনৌবা আশাগা লোয়ননা
হিংমিন্নরনি তাইবং পুম্বা
অমত্তা ওইনা চান্ন-চিন্ননা।

তাং ৮-১০-৯৪

# হায়দে তৌদে চেনফরোই

মালেমগী মীওইরক্তা
পংখৈ নাইদ পল্লোননুংদা
নাপলন ময়াই কারবা
ময়ানা মীৎ থকহল্লবা
পুন্সি ঈপাকথক্তা
থল্লুরবা বাখলনা লাল্লবনি।

য়াংলবা বাখলগী লমজেলদা
পুক্নিংগী হিবু তোংদুনা
চৎলুনু ও! ময়াগী লম্বীদা
লুপ্পুনু ও! ময়াগী ঈপাক্তা।

ময়াগী লাংনা কুপখিবনা
উদরেদো অচুম্বা লম্বী
নত্তগী ঐগী হায়বনা
পুমনিল নীল্লে মালেমসে
তাবা লৈবা ভুমদ্রে।

ময়ানা মীৎ থকহন্দুনা
অরানবনা চুল্লরে
অচুম্বনা লাল্লরে
অশেংবসু মাংখরেদো।

অনৈবনা য়াইদ চেন
অরুবনা মতাইদা
লাক্রেদো মতমদো
চৎনবীবু ওইনরে

অকন্নবনা অচুম্বা শক
যানা খাঙলে তাইবংশে।

উপাই লৈত কনাদি
কম্লতনা মশিঙাংনি।

মপুনদি উবিরি, অতোনববু চানবিনি
মখোঙদবু তম্লনি লাক্কনি নোংমদি।

তৌজরুবা থবক্কী ফল
ফংগনি নোংমদি শোয়দনা।

খোংপদি লেপতে খতাদা
অফ-ফত্ত পুন্নমক
ময়েক লানা লৈরিদো

হায়দে তৌদে চেনফরোই
চুপলী পায়বা মানদি
পায়খরেদো খুৎপায় চেৎনা। ◬

তাং ১৫-৮-৯৫

# অমত্তনি পম্তুংদি

পুন্সি ঈচেলনা কংথরক
তোবর্বানসু নীংখায়রক
কদাইদনো ঈথক ঈপোমসু
        মাংখরে ঙাইজরুবা আশাসু
        শকলুবা ঈশৈসু কাউশল্লকলে
        ওংজবতা ঙায়হৌরে চীনবান্দা
কপহৌরে থম্মোয়সু নীংঙমদা
য়েংজবতা ঙায়হৌরে মীথচিনা
ফোংঙমদবা পাউখোঙনা থলহৌরে।

মীৎকুপতুদ পাংঙমদবে
তাবিখিদে কন্নানসু
চৎথিবা মাসু হল্লকতে
হল্লক্কবরা খনবনি
        চৎনিংদবগা হায়রবদি
পূন্নমক অরেম্বনি মঙলানগুম
পাউখুম ফংদ্র বাহংনি
        লমলোং য়াল্লসু
        অমত্তনি পম্তুদি পূন্নমকী।

তাং ৬-২-৯৬

# তোন্দুন লৈরবা লমন

চৎলোইয়ে পাইদুনা চৎলোইয়ে
য়াংদোন লাম্না পম্বেনুংদগী
থম্মোয়গী তারসু থদথলোই।
সেহনাইগী নুংশিবা সুরসু
তাহনগনি অসুম্মক
নুংশি-নুংশিবা শৈহেক্লা
তাওহনগনি নুংভাইর সংসারদা
নহাক্ত নত্তে তাইবংপুম্বনি
তোন্দুনা লৈরবা লমন্নী। ⌂

তাং ৬-২-৯৬

# তাইবং লৈরাং

মপুই লৈকোল লৈরাংশিং
শাংথলি ফুগাইনা লৈকাফম
　　লৈচু হেনবা কয়াবু
　　কংথলি মপুই খুয়াদা।

লৈশক হেন, লৈনম চাও
কেনখি লৈমায়দা চোইজাইনা
　　মপুই খুয়া য়ৌঙমদা
　　লৈরাংবীন লৈতবনা
　　কেস্রেদো লৈরাং লৈনুংশি।

তাইবং লৈরাং কয়াদি
যুগ 'মদগী কয়াফাও
লৈহৌইদো লৈনমনা শরাশন
　　মালেম থুংনা শন্দোক
　　কাউজমদবা নুংশি লৈনম্না
　　তাইবংগী থম্মোয়দ চুদুনা।

লৈরাংন লৈচু হেন্নসু
নুংশিবা লৈনম য়াওব্রবা
লৈরাং পুন্সি অরেম্বনি
　　সোনবিনবা লৈতে তাইবংদা
　　লৈরাং অতিংঙা ওইরে
　　শিঙেল অরেম্বা তারে।

তাং ২৬-৯-৯৬

# থৌদাংগীদমক

অতিয়াসু নোংনা মমই
নম্ভে নোংজুথাগী মতম
　　বসন্তগী মতম্নী পুক্লিং হুরবা!
কদোমদগী লাকপা নোংহৌনো
চুখি থিৎলি থিৎলি;
　　ইখঙ খঙহৌদনা হাঙলক্রে
　　অতিয়া পুম্বসে ঙাম্নকলে।

কয়াদ ফজরবা মালেমসে
য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে
অমংবা নোংগী মরক্তগী
ঙঙ্গাম্নবা নুমিৎকী মঙাল ফাওরক্রে
　　শংলেন ফিজোম্নবী মালেমনা
　　হাইনা হম্না জগোয় শারি।
নুংঙাইজরে ফজববু উরগা
হরাওজরে বসন্ত রাজবু উবদা
মোমোম্নবা মীনোক্না তরাম্না ওক্রদুনা
　　তাম্থা চানা ঈশৈ শক্লক্রে
　　নুংশিবা সুরদা!

মতমগী খোঙলৈ তুংইম্না
লাক্লবনিদো নঙসু নথৌদাংগীদমক
য়েংলিঙৈ ফজববু প্রকৃতিগী
নাম্নদা য়ৈরখি খোঞ্জেল অমা
　　কুহু, কুহু খোম্লোয়নবী
　　কোকিল হা! কোকিল!!

থম্মোয় মরাংসু হৌখিদো
ফোংদোকওমদে নুংঙাইবগী ওমখৈ
নাইদে পংখৈ হায়ওমদে
নুংশির খোঞ্জেলদো চেক্লাগী
চাংদমনীংঙাই অমমুক লৈত্রে।
থাজবগী ঋাংমদনি থম্মোয়না
অফবা, নুংশিবা, ফজবা
শুম্লাংলি নগুম্না তাইবং পুম্বা
ওইরবোই চেক্লা নংদি
তাইবংগী পাউজেল পুবা।। ❧
তাং ২৫-৫-৯৮

# নুংশি লংলা

পুংলোনগী তাম্বাদা
জগোয় শানৈ
তান মেনগী বা লৈতে

  চোংনৈ ফনৈ
  মহৈ মহৈ ওনশন্না
  চাদে লৈতে বাদে।

    য়েংদে নিয়ম অক্নগী
    খোৎপদি লেপতে
    চুম্বা চুমদবা।

নুংঙাইথোকলি মণ্ডলান্দ তাওদুনা
হাৎতোক্লরি অকনবা শক্তুনা।

  চীম্ন পুখ, খুৎন-মেন,
    অরৈবনা অচৌবা শক
      অকনবনা, অশোনববু তুহৎ
        অচুম্বনা, অরানববু ঙম
          ঈনাকখুনবনা চরম পায়
            লাইরবা কয়ানা খোল্লাও কয়া।

থবায় কয়ানা বলিদান
চাম্ম চাম্মনা খুজিং ওই
কৎলি য়কায়রক্লবা নিংতম্বনা।

  চোংশিল্লি মৈরানবীগুম মৈরীদা
  হৌদোক্লি অচুম্ববু মীকপ-থোক্লবা।

পাংলকত্রে উইশিনথ্রবা মীং

কল্লক-য়েংক্ল মৈরীগী মৈথুনা

অদুবু—

মাংথ্রদরা তংথ্রদরা

থম্মোয়নুংগী

নুংশি লংলো।।

তাং ১৫-৮-৯৮

# ওল্লক্রবদা

লেংঙম শাঙমল্লবা য়োংজাওশিং
শরিৎ-শরাৎ তাম্রে
লেংবদি ঙমদে খোঙথাং 'মত্তা
মপুগী চাকথাক ফংনবা।
চোংশিন্দুনা নেংথহনৈ
অকনবনা অশোনববু তুহথলি
ঈহিং নাইহিং শানে
পরৎ-পরৎ তাননৈ
মুন্নবদা চাকথুং।
পুন্নমক
ওইরিবরো মীওইবা?
মমৈসু মনাসু
শকফমসু কায়হল
থম্মোয়সু কল্লহল্লে
লৈত্রে মিনুংশি অবাবদা
লৈত্রে মীনোকতুসু হরাওবদা।
অবা নুংঙাই খেন্নবা
কদাইদনো পুন্সিগী লম্বী
কনাদনো বাহংসিবু হংজুগদবা
ঙসিগী তাইবংদা? ✍

তাং ২-১০-৯৭

# কনাদা হংলুনি

কনাদা হংলুনি
অচুম-অরান অনিগী খেন্নবা
ফজবা থীবা
অমম-অঙান অনিগী লংদাই!
কনাদনো হংলুগদবা ঐনা
মহাপুরুষশিংনা তাক্লমই
'অচুম্বদি ঈশ্বরনি,
মপু মাবু ফংবদি
'পুন্সিদা অচুম্বা লম্বী'।
কদাই অচুম্বা
কনানা লান্নিবা
চুম্মীবনা কনানো
কনানা চৎলিবা অশেংবা নীতি!
লৈবাক্কী আইন শংলেন
করম্বা বীচারপতিনো
অচুম্বগীদমক শিব কীদবা।
মীহাৎপনা অমা
দণ্ডিনা অমদা
করম্বা বিচারনো
করম্বা বায়েলনো?
চুম-শো পায়বা মানা
মচীন্দনা লাইরবগী উপাই
কনাদনো মাগী মিনুংশি!

নোংম-নোংমগী হেঙ্গথলি
অব্বা-অনা লৈত-লাইর
ব্বাংপ লৈতে চাকতোন ফিদোন
খুং নাম্মন শো হাং
নাম্মনা ফুরিংখাউদা
কিঁং, কিং!

মবুক নোয়বা মপু শাবসে
চীন্দদি লাওরি মীয়ামগীদমক
কিরুক, কিরুক
তুমিন কুং।।

তাং ২০-৩-৯৮

## শম্বলনা হৰাই মতোল চারবদা

ইপা ইপুগী থোঙজাউ
অর্থবু লৈরিবরা ?
যুগসিদা ?
ইরমদমদা মীতোপ ওইরবা
ইশক্তম মাংশিনক্রবা
কদাইদনো ঐখোয়গী লৈফম

কৈদৌঙেনো পাল্লি
মোর্গকী ফমুংথক্তা য়াতাগদবা !

ঐখোয়গী থৌনানা কদাইদা
দুঙেগী য়েক্ক-মায়রোং য়াবদা
হনবা লৈথিদবা থৌনা
ওহ ! থৌনাদুনি
খোমজিঞ্জরিবসে ঐনা
মীৎ-না চেক্তেং উইশিন্দুনা

অদুবু—
কোরৌগী মঙালনা চংখ্রগা
অমম্বনা পৃথি কুপ্লবদা
করিগী হকচাং তনিক্লি
তালোই মরুম থুপ্লুনা
বুদ্ধী জ্ঞান পুম্মাঙ মাং
অমন থরে কুমগুম
ইমাংদ অঙৌবা কাইখুমফি

উরিবনা করিগী?
মীৎলু পিরাং চোন্না
কপ্লিবনা কৈদৌবে?

তোংজরিবনা কদাই হিংবগী
মাংজবনা করি শিবগী?

শম্বলনা হৱাইমতোল চারবদা
মাংবা তোংবা 'মুক লৈখিদরা? ✍

তাং ১২-৫-৯৭

# পৃথিবীগী খোঙচৎতা

লেপ্পা লৈত মতমগী খোঙচৎনি
পৃথিবীগী ওর্বিত্ত উংলিবা
        মীৎকুপ কাংদনা।
পুন্সিসু পম্থুং তম
নঙ-ঐনা কটানি
        পুংগী মীঃনটকী
        কদাইনো চাবিগী নট
        ঙম্না নাম্থোকখ্রে।

তাং ৫-৯-৯৬

# চাংয়েংদা

হিংবা শিব অনিগী চাংয়েংদা
লৈরি ঐখোয়
অমম্বা লোকনুংদা,
মঙালদুতং ঙায়দুনা
লম্বীদুতং ফংনবা
উপাইদুতং থীদুনা
থবায়শিতং কন্নবা।
নাহোকখিবা মরূদুনা
লৌখিবদো থবায় কয়া
মীরালচানি থন্দুনা
য়েক্লবা চবুল চবুলগুম।
থিংঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা
তাইনদুনা নাশিখোংদা
পুমচাই চাইখি
পুম্মাং মাংখি
পুমশি শিখি
থৌনাফবা শকখি
চৌক্রি ফমথোন কাখি।

তাং ১০-৫-৯৭

## লাংওনসিদা

নুংশিদুনা পুবিরকখি
য়েংনিংদুনা লাকখি
থম্মোয়না পেঙখি
হরাওবনা কপচখি
মীয়ামনা ওকপিখি
নাপলগী ঈথক্ল থুম্নাংখি!
থোংল মেংল থম্মোয়বু
নুংগুম কল্লহনখি
শাগুম তমথিহনখি
নুংশি লংলা থদংতুনা
য়েক্ল লাংথাকতুনা
মীওইবে মতৌ মাংহনখি!
পুন্সি কোরৌনা তারমদাই
মৈরীনা মৈবায়রবা চৈনাদা
ওমচাক্লনা খাঙখি,
তমঙমদবা খাংহৈনা থন
পিরাংলক্তা য়াওন্ননা
মালংলক্তা তিনখি!!

তাং ২৭-১১-৯৮

# ডিসেম্বর ১২ না লাক্লবদা

লাক্লবদ ঙসি ডিসেম্বর ১২
থবায় হকচাং অনিমক
পুক্লিং অনি লোংদা
লাইওইখ্রবা ইমাশিংবু
হন্ন-হন্না পুনেমজরি।
কাউঙমলোই থম্মোয়না কৈদৌনুং
মুৎঙমলোই মালেমনা লৈরিখে
ইং ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ১২,
লৌতুনদুনা মীরানচা করবারবালাশিং
বৃটিশ সম্রাজবাদ
ইরমদমগী চাকখাউ মত্তুনা
থোকহনখি খুৎশেমগী চেঙতাংবা
মদুগী মায়য়োক্তনি
ইমা কয়া কয়ানা
লাওখিবা খোল্লাও
"চেঙ পীয়ু, চেঙ পীয়ু
মীরমদা চেঙ থাবা থিংভু!"
মদুগী মহৈ ওইনা
তমথিরবা বৃটিশ সিফাইগী চৈফুদা
শিন্থখি ইমা কয়াগী ঈখেঙ
নাওপুরবী কয়াবুসু মীওৎ মীনৈগী চৈনা
চোংশিনখি মৈতৈ ইমাশিং
নোংমৈ শঙ্গিনবু তেমশিংনদুনা,
নুমিত্তুনি ঙসিসে

চারোন শুরোল খুদিংনা
কাউঙমদনা লৈহৌরগদবা!
পলেম খোঙ্গুল তুংইঞ্জ
অরৈ থৌনা পুথোকচ
নমোম ওইবী থিবিকশু
ইপাম খাম্বী মৈহৌবা
খাম্বীলক্তা ওল্লীবা
ইদু নিংথৌ চাওদ্রীবা
কঞ্জববু ঙম্নবা
পীবিরম্মু থৌনা
ডিসেম্বর ১২ অমা অমুক লাক্লবদ!

তাং ৮-১২-৯৯

# ইমাদা

নোংমা উখি ইমাগী শক্তম
নীংথিবা খিবিকনা লৈতেংদুনা
তনৌরবী খুৎশানা
জগোয়গী শাথেক্তা
পুংলোনগী তাহাবু চান্ননা
লোক্তাক্কী ঈথক ঈপোম্না
মালংগী তাহাদা জগোয় শারদুনা,
কৈবুলগী শঙাইনা
তফিং তফিং
তথক্লবী মীৎস্নাদা
শুমহৎলদুনা থম্মোয়
ঙাওহনখি পুমঙাও।
অদুবু ঙসিনা
কপ্লিবা করিগী
ফার শম্লাংলক্ত
মল্লবা চরৈ ফিশেৎনা!

চরাম্নরবা কৈশাল শঙ্গু, শঙ্গু
থুংলরি চীংগী বাংমদগী
শরাক তম্লরি
অউ অউবা!

ইমাবুসু তেমশিংলরি
হঞ্জিন হঞ্জিন লাক্লরি
থৌরবা শঙ্গিন মতোম্না

থিনগাইরদুনা ইমাগী থবাক
ঈ চুপকদবগী।

লোক্তাক লাইরেম্বীনা
খাংঙমদ তেংথারি
শীন্থরদুনা পিরাং শঙাইনা
পাংঙমদ্রবা মীৎম্নাদা
মিপাইজবা মতৌদো।

চংজরকপা কনাবু কনবদা
মপান নাইদ্রবীনি থৌজাল্লা
তেমশিংনরকপা কনাগী মফমদদি
নোংশা অমোমনি।

থৌনাদা থৌনা
হাপখিবনি তত্তনা
নিলহৌরবা ঈশৈদুনা
খোম্থাংগী ঈপোমলক্তা
"শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো
ডিসেম্বর ১২ অমা হৌখ্রে,
ডিসেম্বর ১২ অমা লাক্রে
কাউরব্রা?"

তাং ১০-১২-৯৯

# তাখিদ্রবা ঈশৈ

শকথিবনি ঈশৈ কয়া
ইমা নঙগী নতম্বাক্তা
কোয়না শান্নজদুনা,
নুংশিবী ইমাগী
শুম্বাংলবী —
সনাগী মহী চেন্নবা
লুপাগী ঈরিক কোঙ্গোলগুম
পেন্নাইদ্রবা য়েংবগী শক্তমদা
হরাও মথোই কারদুনা
কেথ নৌথনা।
ঙসিদি —
মাংখ্রে ঈশৈগী সুর
তনৌরবী ইমাগী হকচাংবু
লমলানবা কনানা
কনথৎপিরে নুংশি হৈতনা।
খোঙনেৎফম খঙদ্রবা লৈমায়দা
খুরক হাংদ মোংফমদগী
কারকপা —
অঙাংবা ঈরিকী কোঙ্গোলনা
নোংদোল শিন্ন চাইখ্রে
নিললে অতিয়া
নৈহৎপীরবা থবায়শিংগী
নুংহিক্লর তেংথাখোল ।। ✍

তাং ২৮-১১-৯৯

# নিংতমবা

নিংতমবা,
পুন্নমক্ন পামনৈ
নিংতমবা,
অচৌ-মচা পীকত্রু
পামনৈ নিংতম্ন হিংবা,
য়াদে পীদে
অমনা অমবু
পীদবা নিংতমবা
লৌজৈ মতোমতা
নিংতম্নীংবা কয়া
নিংতম্নবগী লানফমদা
থক্নুনা অঙাংবা ঈ
খুজোক খুজোক
নিংতমখি
নিংতম্নবা থরায়না।।

তাং ২-১-২০০০

# থম্মোয়গী লান

থাঙ্গৎপিরি ঐবু
অবাংবা আসন্দা,

চীনদোন লৈতোনগী
ফজরবা মিংদা

পীবিরি উপাধি
মশীং নাইদ।

থম্মোয়গী লান
লোইবা নাইদ্রি

হুনথনিংলি নরক্কী কোমদা
সতী সীতাগুম মৈগী কুন্দদা।।

তাং ২৫-১২-৯৯

# ঙাইবা

শাংলবা অহিংশে
মশীং লাকঙমদ্রব বাখলদা
খাঙলকলি মীৎশেল
লোইবা নাইদ্রবা
অমম্বলক্তা!
ঙসিসুনি
অসুম্মক অসুম
ঊইশল্লু য়াদে মীৎশে
ঙাইদুনা লৈরি
তুমদনা,

অহিংসিনা হৌম্রগা
নিংঙাইদ তুমখুল তাম্লিবা
উচেকমচাশিংবু মীকপ থোকহনবা
নীংথিবা অয়ুক অমা !! ✍

তাং ২৮-১২-৯৯

# ঐ ইনিংলি শৈরেং

ঐ ইনিংলি শৈরেং
ইগে খনখিবনি
পুন্সি চুপ্পা অসুম
পামজবা বাখলগী মঙলান্দা
মথং মথং
ইনা-ইনা অসুম
অসুম অসুম
মাংশিন্নকই বাখল বুদ্ধি
করিবু ইরগা
করম্নবু লেংলগা
ওইগনি সাহিত্যগী লৈচল
অদুবু —
পুমহাং হাংলমলে
অঙৌবা চেবাংথক
করিসু ইরমম্রে !
ঐ মঙফাওনরে
ঐ ইনিংলি শৈরেং !!

তাং ৫-১-২০০০

## নুংশি লিপুন

পাংজহৌদ্রবা থৌদাং
শিন্নজগে নথানুংদা
হে! অনৌবা মিলেনিয়ম!

নঙগী থৌজান মীথয়েংনা
থৌবাংববু ওইজগে,

নতম্বাক্ত শান্নজবা
চেৎন-চান্ন কোনবিয়ু
থৱায় পানবা খুদিংমক
নুংশি লিপুন চেৎহনবীয়ু!

নঙগী চোয়র শমলাং
খোমগৎপীদুনা অমুক্তং
চেৎনা —
পুনশিনবীয়ুকো নঙনা!!!

তাং ১-১-২০০০

# অয়ুকনা লাকপদা

কনানো অথৌবা
কনানো কৌরীবা অথৌবা
হুম! ঐদি ঙমলোই
নঙদি অথৌবা নত্তে
নঙ মীরোৎনি
নঙ মীচেলনি,
নঙন নুংশিরবদি ইমাবু
করিগী য়োৎহিং ফলাং চলহল্লি?

তমথীরবা বৃশ্চিকুম
য়োমশিন্দুনা চুপ্পী
ইমাগী ঈ
অসুম অসুম
তপ্প তপ্পা;

পুকতল্লি ইমানা
নুংহিল্লরি —
নঙন মতাইদ লেপ্পগা
করি য়েংল্লি?

চহি চা কয়াদগী
ঙসিদি মিলেনিয়ম অমা
লাক্লে নৌনা
কনা লৈরি?
ইমানা পোকচবা
ইমাবু নিংজবা!

কাখুনুংদ লেপ্লিবা
বন্দিগুম খাংলিবা
পোম্নুংগী উচেক মচাশিং
লংজা কাকশিংগী খয়াংতগী
কনবিনবা লৈত্রবরা ?

মপ্নবা অহিংশে
নোংঙানখিবা খঙহৌরোই
মীংকপ থোক্লশি,
কুচু পানবী অয়ুক্লা
লাক্লগনি
নঙগী য়াইফ পাউজেল পুদুনা।। ⌂

তাং ৬-১-২০০০

# শেৎন-খাইনবদ

বীদাই বীদাই হায়রগে
চৎলোকো হে! নুংশিবী
পোইরৈ তান্না পাংখরো
নত্তে শিন্থরনু পিরাং!

সে! নোক্লো
নঙগী নুংশি মীনোকতো
কাউঙমলোয়দবা মপোকসিগী
লংজখিবা ইরাল কয়া নফমদা
অরান-অহুই খিবিকসু
মীওইপোক্লী খনবীয়ুকো
লান্দবা ঙমদে কৈদৌনুং,
ফন-চুম্ন চৎলসু
মপুন পীরকপা থৌদারক
শোয়রোই ঙমদে কৈদৌনুং,
লানথ্রবা তুং
খঙলকই তাইবং বাখলদা
চৎলো চৎলো য়াইবী মঙা
মথং মপোক ঙাইরমগে
নুংশি খুদম থল্লমগে!
বাকচিংগী গুলাপকুম
লৈতঙ্গাইরক্লী লৈপাক্লেগুম
নুংশি বাশক ঙাক্কুনা
পী-পাগী থম্মোয়নুংদা!!

তাং ৩১-১২-৯৬

# ঐনা হিংলি কদাইদা

ঐনা হিংলি কদাইদা
ঐনা লৈরী কদোমদা
মন্ত্র শুক্র জগৎ
নুংশিব ফজবা য়াওত্রবা
বাহনথোক লৈত্রবা
মতাঁং য়াওত্রবা
সমাজ ওইরবসিদা
অচৌবনা মচাবু চারি
অকনবনা অশোনববু নৈরি
তুমিৎ কাংগুম উরি
মিরাং মহমদ থুরি
অমুকসু
হক্কদবগী থাঙ্গৎলবা চখোম
চাব ফংহৌদবনা
তিন য়োৎতুনা খাংলি।
তৌরিসিবু হিংলিবরা
শিরবরা!
হোল্লি স্বরসু তপ্পা
চোংলি মিহুলসু পিক্লা
তকথায়ত্রবা থবায়শিং
নৈহৎত্রবা হকচাংশিং
বাকৎ য়াওত্রবা শরদ-পোলাংনা
খোঞ্জেল থোক্তনা কপ্পদুনা।

কাংলুপ মশেল হাৎনরে
নুংশিবে থম্মোয় মাংখরে
চান্নবে কিসি থোকগ্রে
শামরক ঙামরক শাজৎনরে।
মফম খঙদ জগৎতা
মীৎ তাঙলে ঙম্নমক
মতমসিগী নুংশিৎনা
উঙমদ্রে অচুম্বা
তাঙমদ্রে সুরসু নুংশিবা।
পঙশিনগ্রে নাকোঙ
পেন্দবশিংগী খোল্লাওদা
ঐনা হিংলি কদাইদা
ঐনা চৎলি কদোমদা!!

তাং ২৫-৯-৯৪

## গাড়ী ষণ

করিগী তাথিনা তৌবিরিবা
করিগী উৎতে মঙোল্দা মিনুংশি
মহাক্কীসু থবায় পাল্লি
থম্মোয় লৈ।

জীবনি মবুক তপ্লবা
অদুবু —
করিগীদমক তাথিনা তৌবিরি
খোঙনা কাওরদুনা
অরুম্বা মাল পুরিঙে।

লীকলম কায়রে
লীচৈনা কল্লে
বামন্বনা কুম্থখ্রে লৈমায়দা
গাড়ী বালাগী শাজেগী চৈনাদা
ও-খোঙনা কপলে
লোনথোকতে ঙাঙথোকঙমদে
মাগীসু থম্মোয় পাল্লি
মঙোল্দসু চৈনা ফাওই
মহাক গাড়ী ষণ ওইজরবসু।। ✍

তাং ২০-১০-৯৪

## নোঙ্গো ইমা ঙসিদি

চাওখৎপা পাম্বা জাতিশা
য়াইফবা পুরকশি ঈরেবাক্কীদমক
কৎথোকসি পুজিসু
থাদোকসি থবায়সু।

অমগুনি নহকচাং ইহকচাং
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ
অতিয়া মালেম
পঞ্চভুতনা শাবনি;

হাপ্পীদুনা থবায় মিরেল য়াইবিরেল
মপু মানা
তাইবংদা থৌদা পাংনবগীদমক
কাউফদেকো ঐথোয়না

খ্বাইগী হৌরকফম মালেমসে
নুংশির পলেমগী তম্বাকথক
য়েংউ উদরনে
লৈকংলাগা পাঙ্খকলে।

নুংশিনবৈ লংলাদো কদোমদনো
হুমলকলেদো অকনবা নোংলৈ,
চোইজাইনরে ইমাগী শন্নাং
হিকথরেনে শম্বুল;

মাইগৈ শলাই খণ্ডরে
বুদ্ধি জ্ঞান মমলকলে
মীকপ মীরাওখোল্লক্তা
নীল্লকলে নুংশি হৈত মীনোক্কী খোম্বাং

লৈথক লৈখা ঙংলক্রে
লমজাওখোন লম্মৈনা
খঙদ্রে পম্মুংফম মাইগৈ
উদ্রে মীরমচৎকী মরল।

লাক্লবরা প্রলয়
মালেমগী অরোইবা নুমিৎ
য়ৌরবরা ঙসিসিবু
ইমা নঙগী অরোইবা!

য়ারোই! মদু য়াররো!
থারোই লেম্ন খক
নপারী লীশিং হৌরকলি
নমোম লক্ষা শাৎলকলিনে!

হুন্নকসনু অকনবা নোংলৈ কয়া
হৌরকসনু প্রলয়গী মৈরী
ওৎলসনু ইমাবু
পাঙ্গল কনবা কনানা!

নপাবী নমোম মাংদা
লেপ্লসনু থৌনা ফম
ইমাগী ফিজিগী লন
মুনবা ঙমলোই কনানা।

খুৎশম্ননা চৎলিঙৈ ঐখোয়না
কনাবু কিগনি মালেমদা
নিংশিংসি
অওনবা কয়াগী বারী
পুরকশি মাম্নবা খুম্নাই।।

তাং ১৮-৮-৯৮

# ঙমখৈ অমগী ৱাংমদা

অঙম্বা ময়াম
অচৌবা পুম্বনা
হিংহল্লি মনিং তম্না
হরাওরি নোক্লি
মনিংতম্না
ফজবা ফিজেৎ শেৎতুনা
চোংলি ফল্লি নুংঙাইরি
মশক মশা খঙনদে
অমনা অমবু।
মচু
য়াওল কয়াগী মচু
তৈশিল্লি য়েকশিল্লি
নিংতম্বগী নম্মাদা!
তপ্না
য়াম্না তপ্ন থেম্না নৌনা
হুকচিনবি ঙকশমদা
য়োৎহিংগী লীক্লাং
শীজিনবিরি খুদাংদা
য়োৎকী খুজি
নীংথিজরে খঙ্জদুনা
থেক্লি খুৎথেক কয়া
নুংশিবিরি চানবিরি ৱাখলদা।

নিংতম্বা—
কয়াদা নিংতম্লি

য়োংথুিং থুরবা শাগুম
নৈহথলি মাংহল্লি
নিংতম্না নুংশিহৈতনা
নিংতম্বা পাম্বা জীবশিং
লাওহল্লি খোল্লাও
নিংতম্বগী—

মরিল ফবা শারুবা
অচুম্বা পাম্লুবা
মোংফম ওইরি শারংনুংদা
নিংতম্ন পাইখ্রি
নিংতম্বা পাম্বা থবায়শিং।।

তাং ১৬-৮-৯১

# লাংওন অমদা

শান্তি
পামলি মীপুম খুদিং
শান্তিগী যুক্তি
শোল্লি চীন্দা
শান্তি, শান্তি
থম্মোয়দ মৈগী চীং
শতাব্দীগী অরোইবা পম্বেদা
আশান্তিগী মুর্ত্তি!

বিশ্বপ্রেম—
কনানা কনাদা
কনাবু কনানা
নুংদি নুংশিরী
থম্মোয়দদি কিশি থোক্লি
অমম্বলক্ত তিনদৌরি
প্রলয়গী মৈরীরক্তা।

য়াওল
লাকফমদি থোকলি
লাক্কদবসু লৈরি
লাকসু লাকলি
অদুবু—
নুংশিরবা ধুপকী মনম নত্তে
লংলবা মৈরা নত্তে

নঙবু ওক্লীবা
হিংশানি
ঙাংলবা ঈনি তৈরিবা
তিংথোক্লিবা খুৎশাশিংদা
মচু শংলবা হকচাংশিংনি
পুন্সম মন্নবা
শুক শুক্লবা থাশিগী অহিংসিদা
আশা —
তৌরদুন তম্ভনা
লাক্লগনি খঙ্গদুনা
লাংওন অমগী শক্তমদা
অঙৌবা থম্বাল খুদোংনদুনা
কুচু পানবী অয়ুক্ক লোয়ননা
অদুননি
ঙাইরিবসে
লানবনগী হোজংশিদা
থবায় য়াওদ্রবা হকচাংশিং !!

তাং ১৬-৮-৯৯

# ঈশৈদুদি কাউদরি

করিগীনো পুক্লিং পুবিরিবা ঐবু
চাংজৌ নাইদ্র বাখলগী ঈপাক্তা
চিংবিদুনা ইখুৎ লাক্তুনা
অদুগা—
করিগী অমুকসু
থাদোকপিরমলি ঈয়াইসিদা
ইদোম হাংলবা মালংলক্তা।

কনাসু উদে
করিসু তাদে
খোঞ্জেলদুতং নত্তনা
অরাপ্পগী মৈঙালদুতং পীক্রবা।

মাইগৈ খঙদা
মিরবা খোম্থাংদা
শক্লিবা নুংশির শৈহেক্তা;
তারুবদা সুরদো
য়কায়রক্লে থম্মোয়শে
বিন্দুমুক্তং পীক্লুরবা
লৈরিফাওবা খঙদ্রবা
পুল্লিবু
হিংহল্লীংদুনা
পীরদুনা থম্মোয়বু ঈথিল
শক্লি
শুম্মাৎলবা তারদা!
য়েংলুই কোয়না

মপান নাইদ শন্দোক্লীবা
অতিয়া অমদি লাইজ
অনিগী পল্থে লৈতবদু।

অমুকসু অঙাওবগুম
থাবলগী ঈপোমলক্তা
শিন্থরদুনা মিৎলু পিরাং
নীংশিংলদুনা হৌগ্রবা
অহিং কয়াগী বারী।

চেপপক্লনা নথানুংদা
অহিং শোয়বা লেনখিবা
থানরোইশি মপোক খুদিং
থম্মোয় কিসি কিনখিবদো।

পূন্নমক বীথিগী চক্রনুংদা
উংলুবনা পুন্সিনা চকাগুম
শেৎনরে ঙসিদি নঙ-ঐ
শিন্থররোই অমুক
লৎত্রবা পি;
তন্নীবনি হিংবা
মতম মতমগী খুদোলদা
মায় পাকপা লান্মী শাদুনা!
ঙাইরিবনি অমুকসু
পীরবদো নহাক্লা
মঙ্গলগী খুদোলগা লোয়ননা
থুন্নবা নুংশি নবাহে;
অদুবু নঙদি
থম্মোয়নুংগী লৈয়োম্নুং
লৈকানুংগী লৈরিকনুং
পকহৌরিনে ঈরিকুম
তিলহৌরিনে শেরোম্নুং
শৈওং শৈদা শৈরাংনুং

শৈশক শৈদা শৈনিল্লক
লেপ্লাইদ—
তারিনে সুরদো
নঙগী ঈশৈগী শৈহেকতো
কাউদ্রি ঙসিসু
কাউদ্রি !!! ✍

তাং ১০-৩-৯৮

**লোইরবা**






## সালাম শান্তিবালা

অইবী সালাম নিঙোল শান্তিবালা ইং ১৯৬৩ গী ওক্তোবর ১০ দা কবোৱাকচীংদা পোকই। অপোকপনা সালাম ইরাবত সিংহ, অপোকপীনা ইবেমচা দেবীনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক তম্না তম্না ঈশৈ ময়েক, শৈরেং, ৱারীমচা ইবনচিংবদ হৈনজবী ওইরকই। ঈশৈ নোংমাইসু য়াম্না পামজরকই। ইং ১৯৭৯ দা মেট্রিক পাস তৌদুনা মথং মথং বি.এ. ফাওবা চহি পন্দনা পাস তৌরকই। মতম শাংনা কান্নরবা মতুংদা হোৎনজবগী মহৈনা ইং ১৯৯৫ দা এম.এ. (মণিপুরী) পাস তৌই। অল ইন্দিয়া রেডিওদা শৈরেং পাবা; ড্রামা অমদি ঈশৈগী অইবী ওইদুনা লেপ্পুনা খুদোল তমলি। হৌজিক হৌজিক মোইরাং কলেজদা মহৈরোইশিংবু মণিপুরী তম্বীরি। হৌজিক অইবীসি নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপকী লাইফ মেম্বর অদুগা রাইটর্স ক্লব নম্বোলগী ফাউণ্ডর মেম্বর ওইরি।

**অইবীগী ফোংলবা লাইরিকশিংঃ**

১। অনৌবা মঙাল অমগীদমক (*ৱারীমচা*) ১৯৯৮

২। ঈশৈদুদি কাউদরি (*শৈরেং*) ২০০০

**মথংগী খুদোলদা ঃ**

১। অশৈবীগী শৈরোল (*ঈশৈ ময়েকশিং*)

২। রেডিওদা শান্নখ্রবা ড্রামা মচাশিং

৩। তকখাইবিরম্লবা পুন্সি (ৱারীমচা)

---

কোপি মশিং ঃ ১০০০